## তেওরা মাত্রা ৭

স্থায়ী ঃ—

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| সা | মা | মা | পা | মা | পা | — | |
| নিং | থি | বা | অ | হিং | দা | — | |
| মা | পা | ধর্সা | ধা | পা | মা | রে | |
| রা | ০ | ধা | কৃ | ষ্ণ | না | ০ | |
| পধা | পধা | ঃপমা | রেসা | মমা | রে | সা | |
| শান্ | ০ | নবে | কা | ০ | লিন্ | দি | |
| সারে | — | সা | রে | সা | রে | সা | |
| তো | ম | বান | দা | ০ | ০ | ০ | |
| সা | মা | মা | পা | মা | পা | — | |
| নিং | থি | বা | অ | হিং | দা | ০ | ‖ |

অন্তরা ঃ—

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| র্সরে র্সরে | — | | — | — | র্গা | র্রে | |
| খো | ই | ০ | ০ | ০ | মু | না | |
| র্সা | র্সা | ধা | পা | মা | রে | ঃমা | |
| ভং | লক্ | লে | ০ | ০ | ০ | কো | |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| পা | পা | — | — | — | — | — |
| কিল | স্থু | o | o | o | o | o |
| মা পা | | ধা | পা | মা | রে | — |
| কু | o | হু | হায় | o | না | o |
| পধা | পধাঃ | পমা | রে | মমা | রে | সা |
| চা | o | নবা | শু | o | o | র |
| সরে | — | সা | রে | সা | রে | সা |
| তা | ল | o | দা | o | o | o |
| সা | মা | মা | পা | মা | পা | o |
| নিং | থি | বা | অ | হিং | দা | o |
| সা | — | রেগা | গা | — | গা | গা |
| মা | o | ধা | মা | o | ধর্‌ | কি |
| রে | মা | গা | — | — | — | — |
| প্রে | য্‌ | দা | o | o | o | o ‖ |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| গা | মা | পা | ধা | পা | | মা | গা |
| লুপ | ল | বী | স | খি | | শিং | না |
| গমা | গমা | রে | — | — | | রে | গা |
| জ | ০ | গোই | ০ | ০ | | লৈ | না |
| রে | — | গা | গরে | গা | | রেগরেগা | রেসা |
| লৈ | ০ | না | শা | ০ | | রে০ | ০ |
| সা | মা | মা | পা | মা | | পা | — |
| নিং | থি | বা | অ | হিং | | দা | ০ |

——০——

# সারেগাম

## স্বর জ্ঞানগী মরমদা

## খংগদবা শরুক খর ॥

**সঙ্গীতকী ওইবা স্বর ঃ**—মীওইবনা ঈশৈ শকপা মতমদা অনেম অরাং নাইবা, নাকোংনা তাবদা মুংশিবা খোঞ্জেল পোকই, খোঞ্জেল অদুবু সঙ্গীতকী ওইবা স্বর কৌই, স্বর মশিং তরেৎ শুই অমসুং মমিং (১) ষড়জ (২) ঋষভ (৩) গান্ধার (৪) মধ্যম (৫) পঞ্চম (৬) ধৈবত (৭) নিষাদ মখোইশিং অসিবু ঈশৈ শকপা মতমদা উচ্চারন তৌবা খুদোং চানবগীদমক অশম্বা খুদমদা সা, রে, গা, মা, পা, ধা, নি অমুম্না শিজরৈ অদুগা মখোই অসিবু খোঞ্জেলনা হায়বা মতমদা সা দগী অমুম মথং মথং রাংথৎলে অদুগ অমুক মথং মথং নেমথরকই। অদুগা স্বর তরেৎ অসিগী মনুংদা অমুক মখল মঙা খোক্ত খাইদোকই।

**মখল ঃ**—(১) শুদ্ধ স্বর (২) বিকৃত স্বর (৩) কমল স্বর (৪) তিব্র স্বর (৫) অচল স্বর অমুম্না খাইদোকই। অদুগা করিগুম্বা লাইরিক্ত স্বর মখল অদুমতনি হায়বসু য়াওই মদুদি অমত্তা হায়রগা অানবু পুন্ন খংনবা য়াবা মরমননি।

**(১) শুদ্ধস্বর ঃ**—মশাগী ওইনা লৈরমলবা স্বর অদুবু শুদ্ধ স্বর কৌই। শুদ্ধ স্বর তরেৎনি মদুদি—সা রে গা মা পা ধা নি।

**(২) বিকৃত স্বর ঃ**—মশাগী ওইবা স্বরদগী লেংখোক লেংশিন তৌদুনা পোকপা স্বর অদুবু বিকৃত স্বর কৌই, বিকৃত স্বর মশিং মঙানি মদুদি- রে, গা, মা, ধা, নি। স্বরশিং অসিদা খুদম

অমমম্ হাপললগা বিকৃত স্বরনি থংই মথুদি- রে গা মা ধা নি। মসিদা রে গা ধা নি স্বর মরিনা মশাগী ওইবা স্বরদগী নেমথনা থোকই অদুগা 'র্মা' না রাংখৎলি।

(৩) কমল স্বর ঃ—স্বরশিংবু ইনৌ নৌহনবা অদুগা তাবদস্ত্র য়াম্না নুংশিনা থোরকপা স্বরবু কমল স্বর কৌই, কমল স্বর মশিং মারিনি মথুদি ঃ---রে গা ধা নি। স্বর মরি অসি বিকৃত স্বরগী মন্নুং চল্লবা স্বরনি অদুবু রাইগী মতমদা রে কমল গা কমল অস্থম্না চৎনবদগী মফম অসিদা বিকৃত অমসুং কমল স্বর অনিগী মান্নবা মত উৎলি।

(৪) তিব্র স্বর ঃ—মশাগী ওইবা স্বরদগী রাংখৎনা থোকতুনা তাবদা মপুং ফানা থোকপা স্বর অদুবু তিব্র স্বর কৌই। তিব্র স্বর মশিং তরেৎনি মথুদি- 'সা রে গা মা পা ধা নি।' স্বর তরেৎ অসিগী মপুংদা 'র্মা' স্বরবু মশাগী ওইবা স্বরদগী রাংখৎলগা স্বর তরুক্কা থোনথোক মান্নহল্লি মথুবু তিব্র 'মা' নত্রগা কড়ি মধ্যম কৌই। মফম অসিদা শুদ্ধ অমসুং তিব্র স্বর অনিগী মান্নবা মত উৎলি।

(৫) অচল স্বর ঃ—মশাগী ওইবা স্বরদগী লেংবা লৈত্রবা স্বর অদুবু অচল স্বর কৌই, অচল স্বর মশিং অনিনি অদুদি- 'সা' অমসুং 'পা'। স্বর অনিসিদি করিগুম্বদা লেংদ্রে।

## "সুরগী মরমদা" ॥

সুর ঃ--ঈশৈগী ওইনা মতিক চারবা খোনথোক্ক শ্বরশিং অসিনা নুংশিনা থোরকপা খোনথোক অদুবু সুর কৌই। শ্বরশিং অদুনা স্বর চানা খোক্তু বদা তাবদা নুংশিরোই অমদি সঙ্গীতকী মতিক চাদবা শ্বরনি হায়না লৌই।

## "পুন্না সঙ্গীতকী ওইবা শ্বর" ॥

পুন্না সঙ্গীতকী ওইবা শ্বর মশিং তারানিথোইনি মহুদি

সা রে রে গা গা মা মা পা ধা ধা নি নি অসিনি

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯ ১০ ১১ ১২

শুদ্ধ শ্বর তরেৎকা বিকৃত শ্বর মঙাগা পুল্লগা শ্বর তারানিথোই অসি খুদমগা লোইননা উৎপা য়ারবা অমদি সঙ্গীতকী দমক মতিক চাবথা শ্বরনি।

## আরোহ অমসুং অবরোহ ॥

আরোহ ঃ— শ্বরশিংনা মথং মথং রাংখত্তুনা হায়বা অদুবু আরোহ কৌই। মহুদি—সা রে গা মা পা ধা নি অমসুং।

অবরোহ ঃ— শ্বরশিংনা মথং মথং কুমথরকপবু অবরোহ কৌই। মহুদি ঃ— র্সা নি ধা পা মা গা রে সা, অমসুং।

# খোঞ্জেলনা শান্নগদবা শুদ্ধ শ্বরগী শরুক খর

( তাল অমস্তদা )

১। সা রে গা মা পা ধা নি সা́। আরোহ
সা́ নি ধা পা মা গা রে সা। অবরোহ

২। সসা রেরে গগা মমা পপা ধধা নিনি স́স́া।
স́স́ নিনি ধধা পপা মমা গগা রেরে সসা।

৩। সসসা-রেরেরে গগগা-মমমা-পপপা-ধধধা-নিনিনি-স́স́স́া।
স́স́স́া-নিনিনি-ধধধা-পপপা-মমমা-গগগা-রেরেরে-সসসা।

৪। সসসস। রেরেরেরে গগগগা মমমমা পপপপা ধধধধা
নিনিনিনি স́স́স́স́া।
স́স́স́স́া নিনিনিনি ধধধধা পপপপা মমমমা গগগগা
রেরেরেরে সসসস।।

৫। সরেগা রেগমা গমপা মপধা পধনি ধনিস́া
স́নিধা নিধপা ধপমা পমগা মগরে গরেসা-

৬। সরেগম রেগমপা গমপ ধামপধনি পধনিস́া
স́নিধপা নিধপমা ধপমগ পমগরে মগরেস।

৭। সরেগমপা রেগমপধা গমপধনি মপধনিস́া-
স́নিধপমা নিধপমগ ধপমগরে পমগরেমা-

৮। সরেগমপধা রেগমপধনি গমপধনিস́া-
স́নিধপমগ নিধপমগরে ধপমগরেসা-

৯। সরেগমাপধনি রেগমপধনিস́া।
স́নিধপমগরে নিধপমগরেসা।—

১০। সরেগমপধনির্সা—
র্সানিধপমগরেসা ॥

## মধ্যম গ্রামগী সা দগী তারা গ্রামগী র্পা ফাওবগী শ্বর

১। সা রে গা মা পা ধা নি র্সা নি ধা পা
মা গা রে সা।

২। সা রে গা মা পা ধা নি র্সা র্রে র্সা নি
ধা পা মা গা রে সা।

৩। সা রে গা মা পা ধা নি র্সা র্রে র্গা র্রে
র্সা নি ধা পা মা গা রে সা।

৪। সা রে গা মা পা ধা নি র্সা র্রে র্গা র্মা
র্গা র্রে র্সা নি ধা পা মা গা রে সা।

৫। সা রে গা মা পা ধা নি র্সা র্রে র্গা র্মা
র্পা র্মা র্গা র্রে র্সা নি ধা পা মা সা রে সা।

## শুদ্ধ শ্বরদগী বিকৃত শ্বরনা অমমম্ ওইবা ॥

১। রে-না বিকৃত ওইবা শ্বর | সা রে গা মা পা ধা নি র্সা।
২। গা-না „ „ „ | সা রে গা মা পা ধা নি র্সা।
৩। মা-না „ „ „ | সা রে গা মা পা ধা নি র্সা।
৪। ধা-না „ „ „ | সা রে গা মা পা ধা নি র্সা।
৫। নি-না „ „ „ | সা রে গা মা পা ধা নি র্সা।

শ্বরশিংনা রাগ অমদা লৈহুনা ছন্দ অহুবু মপুং ফাহনবা ॥

রাগ শঙ্করা— বিলাবল থাট, জাতি ঔরব-ষারব, শুদ্ধ স্বর, 'গা' বাদি 'নি' সম্বাদি আরোহ-সগা, পা নিধ, র্সা।
অবরোহ— র্সনিপা, নিধা, গপা, গরেসা।
( রাগবু থংনবা নিয়ম ) পকর— র্সা, নিপা, নিধা র্সা, নিপা, গপা, গসা।

তাল দাদরা মাত্র ৬
( নুমিদাং ২ শুবা প্রহর )
স্থায়ী ( অহানবা শরুক )

| + | | | o | | | + | | | o | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| নি | — | নি | র্সা | — | র্সা | নি | ধা | নি | পা | — | পা |
| গা | — | গা | — | ধা | পা | গা | রে | গা | সা | — | সা |
| সা | — | ধ্‌া | সা | সা | রে | গা | পা | গা | পা | নি | পা |
| নি | র্সা | র্গা | র্রে | র্সা | র্সা | নি | ধা | নি | পা | — | পা |

অন্তরা ( অনিশুবা শরুক )

| + | | | o | | | + | | | o | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| পা | — | পা | র্সা | — | র্সা | র্সা | র্সা | র্রে | র্সা | — | র্সা |
| র্সা | র্সা | র্গা | — | র্পা | র্পা | র্গা | র্পা | র্গা | র্সা | — | র্সা |
| নি | ধা | র্সা | — | নি | নি | পা | গা | পা | সা | — | সা |
| সা | সা | গা | — | পা | নি | র্সা | র্গা | র্রে | র্সা | — | র্সা |

# ভারত জাতিগী ইশৈ

## (জনগণমন-অধিনায়ক)

জনগণমন-অধিনায়ক জয় হে ভারত-ভাগ্য-বিধাতা।
পঞ্জাব সিন্ধু গুজরাট মারাঠা দ্রাবিড় উৎকল বঙ্গ
বিন্ধ্য হিমাচল যমুনা গঙ্গা উচ্ছল জলধিতরঙ্গ
তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিষ মাগে,
গাহে তব জয় গাথা
জনগণ-মঙ্গলদায়ক জয় হে ভারত-ভাগ্য-বিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয় জয় হে॥

## সারেগাম গা লোইননা জাতিয় সঙ্গীত ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| + | + | + | + |
| সা রে গা গা | গা গা গা গা | গা — গা গা | রে গা মা — |
| জ ন গ ণ | ম ন অ ধি | না ০ য় ক | জ য় হে ০ |
| গা — গা গা | রে — রে রে | নি্ রে সা — | — — — সা |
| ভা ০ র ত | ভা ০ গ্য বি | ধা ০ তা ০ | ০ ০ ০ পন |
| পা — পা পা | — পা পা পা | পা — পা পা | পা ধা পা — |
| জা ০ ব সিন | ০ ধু গু জ | রা ০ ট মা | রা ০ ঠা ০ |

মা — মা মা | গা — গা গা | রে মা গা — | — — — —
দ্রা ০ বি ড় | উৎ ০ ক ল | বং ০ গ ০ | ০ ০ ০ ০

গা — গা গা | গা — গা রে | গা পা পা পা | মা — মা মা
বিন ০ ধ্য হি | মা ০ চ ল | য মু না ০ | গং ০ গা ০

গা — গা গা | রে রে রে রে | নি় রে সা — | — — — —
উচ ০ ছ ল | জ ল ধি ত | রং ০ গ ০ | ০ ০ ০ ০

গ গ গা গা | গা — গা গা | রে গা মা — | — — — —
ত ব শু ভ | না ০ মে ০ | জা ০ গে ০ | ০ ০ ০ ০

গা মা পা — | পা — মা গা | রে মা গা — | — — — —
ত ব শু ভ | আ ০ শি ষ | মা ০ গে ০ | ০ ০ ০ ০

গা — গা গা | রে রে রে রে | নি় রে সা — | — — — —
গা ০ হে ০ | ত ব জ য় | গা ০ থা ০ | ০ ০ ০ ০

পা পা পা পা | পা — পা পা | পা — পা পা | পা ধা পা —
জ ন গ ণ | মং — গ ল | দা ০ য় ক | জ য় হে ০

মা — মা মা | গা — গা গা | রে মা গা — | — — নি নি
ভা ০ র ত | ভা — গ্য বি | ধা ০ তা ০ | — — জ য়

র্সা — — — | — — নি ধা | নি — — — | — — ধা পা
হে ০ ০ ০ | ০ ০ জ য় | হে ০ ০ ০ | ০ ০ জ য়

ধা — — — | — — — — | সা সা রে রে | গা গা রে গা
হে ০ ০ ০ | ০ ০ ০ ০ | জ য় জ য় | জ য় জ য়

মা — — — | — — — — ||
হে ০ ০ ০ | ০ ০ ০ ০ ||

# নর্ত্তন হস্তঃ

শ্রীভগবন্নন্দিকেশ্বরগী
অভিনয় দর্পন্দগী
মৈতৈলোন্দা হন্দোকচবা।

শ্রীমাইস্নাম অমুবী সিংহ
উরিপোক, সিনাম লৈকাই
মণিপুর।

[ অসংযুত হস্তাঃ ]

পতাক স্ত্রিপতাকোঽর্দ্ধ পতাকঃ কর্ত্তরী মুখঃ।
ময়ূরাখ্যোঽর্দ্ধচন্দ্রশ্চ অরালঃ শুকতুণ্ডকঃ॥
মুষ্টিশ্চ শিখরাখ্যশ্চ কপিত্থঃ কটকা মুখঃ।
সূচী চন্দ্রকলা পদ্মকোশঃ সর্পশিরস্তথা॥
মৃগশীর্ষঃ সিংহমুখঃ কাঙ্গুলশ্চা পদ্মকঃ।
চতুরো ভ্রমরশ্চৈব হংসাস্যো হংসপক্ষকঃ॥
সন্দংশো মুকুলশ্চৈব তাম্রচূড় স্ত্রিশূলকঃ।
ইত্যসংযুত হস্তানাম ষ্টাবিংশতিরী রিতা॥

————

# নর্ত্তন হস্তঃ

শ্রীভগবন্নন্দিকেশ্বরগী
অভিনয় দর্পন্দগী
মৈতৈলোন্দা হন্দোকচবা ।

শ্রীমাইস্নাম অমুবী সিংহ
উরিপোক, সিনাম লৈকাই
মণিপুর ।

[ অসংযুত হস্তাঃ ]

পতাক স্ত্রিপতাকোঽর্দ্ধ পতাকঃ কর্ত্তরী মুখঃ।
ময়ূরাখ্যোঽর্দ্ধচন্দ্রশ্চ অরালঃ শুকতুণ্ডকঃ॥
মুষ্টিশ্চ শিখরাখ্যশ্চ কপিত্থঃ কটকা মুখঃ।
সূচী চন্দ্রকলা পদ্মকোশঃ সর্পশিরস্তথা॥
মৃগশীর্ষঃ সিংহমুখঃ কাঙ্গুলশ্চা পদ্মকঃ।
চতুরো ভ্রমরশ্চৈব হংসাস্যো হংসপক্ষকঃ॥
সন্দংশো মুকুলশ্চৈব তাম্রচূড় স্ত্রিশূলকঃ।
ইত্যসংযুত হস্তানাম ষ্টাবিংশতিরী রিতা॥

———

# খুৎ নামগী শিজিন্নগদবা

## (নং ১) পাতাকহস্তনা শিজিন্নগদবা ঃ—

অগোইগী চুম্ন লেপ্লদা, নোং (লৈচিন), বন (উমং), পোৎ-চৈ লৌথোকপা, অহিং অথেংবা, তুরেল, লাই লৈবাক, অয়াংবা (অথুবা), মকক্ মকক্ থোক্পা, মুংশিৎ, হিপ্প-তুম্ব, চৎপা, মতিক মঙ্গল চাওবা, থৌজাল, চানবীবা, থাবল্ মঙাল, অইন্ কন্বা, হুমিৎকী মঙাল্, থোং হাংদোক্পা, ইথক ইপোম্, নিয়ম্ চৎপা (লম্বী চৎপা), মাম্লনা থনবা, ভককচাদা তৈবা, ইশাগীদমক, মীনম্ব, তুমন্ লৈম্নু, কোনা মনা, চুঙ্গাই, পোৎচৈ শোকপা, থৌজানবীবা, অথোইবা নিংথৌ, মকম্ অঙুদা, অসিগুম্ব রাঙাং, সমত্রু, ইপা ইপুগী অকবা চপ্পরক্পা মিংচৎ, থাগৎপা, মাংদা চৎলু খংহনবা, থাং-শাং পায়বা, থা, চহি, নোংজুথা ; রাই-তৈবা (শেংদোকপা) অসিনা-চিংব পুম্ব থংনবদা পতাকহস্তনা কোংদোকই ।

## (নং ২) ত্রিপতাকহস্তনা শিজিন্নবা

কোঙ্কী লৈতেং (লুহুপ) ; উপাম্বী, নোংমৈ শিংজং (ইন্দ্র), কেতকী লৈ, থাওমৈ, শিখা পুনবা, লাইরিক ইবা, তেন্‌শৎপা অমস্নুং কাপ্প অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা ত্রিপতাকহস্তনা কোংদোকই ।

## (নং ৩) অৰ্দ্ধপতাকহস্তনা শিজিন্নবা

উনা, উহৈ, তোর্বান, মশিং অনি, হোয়াই, থাং-মচা, ফিরাল, সনথোং (মন্দিরগী-থোং), শা-ষননচিংবগী মচি, (চীংদোন) অসি-নচিংবা পুম্ব থংনবদা অৰ্দ্ধপতাকহস্তনা কোংদোকই ।

## (নং ৪) কর্ত্তরী মুখহস্তনা শিজিন্নবা

মুপী-মুপ। কায়নবা ওন্ন তৈমবা ফিভম, ওন থোইবা, মিৎয়েংগী ঙমখৈ, শিবা (থরাই য় ওদ্রবা), রাখল্ খেন্নবা, নোংথাং ও কান্নবগী মৈচাক্লা মথনতা তুম্বা, মরী চৎপা। অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা কর্ত্তরীমুখহস্তনা ফোংদোকই।

## (নং ৫) ময়ূরহস্তনা শিজিন্নবা

রাহোংগী মচিন, উরী, উচেক, ওবা, কিশি থোকপা, লাইবক্তা চন্দন থিনবা, ঈশিং খিক্পা, শ স্ত্রগী বিচার, মশক নাইবা পোৎশক অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা ময়ূরহস্তনা ফোংদোকই।

## (নং ৬) অর্দ্ধচন্দ্রহস্তনা শিজিন্নবা

নিন্দুংগী নিপানী কোনবা থা মচেৎ, ওকশম পায়ৎনা ইনবা, লাঈগী আভষেক তৌবা, অচাপোৎ হাপ্পবা পাত্র, রাখল পোকলকপা, খ্বাং (অকোইবা), অরাবা রাখল, নিংবা, হায়জবা, হকচা শোকপা অসিনাচবা পুম্বা খংনবদা অর্দ্ধচন্দ্রহস্তনা ফোংদোকই।

## (নং ৭) অরালহস্তনা শিজিন্নবা

হু অমম্বুং অমৃত থকপা, আচমন তৌবা অসিনচিংবা খংনবদা অরালহস্তনা ফোংদোকই।

## (নং ৮) শুকতুণ্ডহস্তনা শিজিন্নবা

তেল কাপ্পদা য়াম্না কুংনা কাপ্প, য়ুমগী রাখল তৌবা, অথুপ্পা রাহৈ, অইন কনবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা শুকতুণ্ডহস্তনা ফোংদোকনি।

## (নং ৯) মুষ্টিহস্তনা শিজিন্নবা

পুক্লিং তপ্প, শম্ পায়বা, পোৎ চেৎনা পায়বা, মল্‌শিংনা শীংনবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা মুষ্টিহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ১০) শিখরহস্তনা শিজিন্নবা

অপাম্ নুংশিগী রাখল খনবা (মদনদেব হায়বা মতম্‌দস্থ), লিক্লং পায়বা, লোংদবা য়ুম্বী, অরেপ্প, ইপা ইপুগী তর্পন কৎপা অমসুং শ্রাদ্ধ তৌবদা, চিনবানগী কজবা তাকপা, পোৎ মশক তাকপা, য়া, রাখল খনবা, মহাদেব, নত্তে হায়বা, নিংশিংবা, খুৎশানচিংবা হকচাং কয়াংনা লোং (ওৎতুনা) মতৌ তম্ব, খাংদা পুনবা (চিংবা), কোন্নবা পায়নবা, শরিক খিংবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা শিখরহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ১১) কপিথহস্তনা শিজিন্নবা

লক্ষ্মী অমসুং সরস্বতী, (অশাবা মুর্ত্তিগী) জগোই শাবশিংগী তাল্ থাব, শঙ্গোম শুম্ব, শেংদোক খোতোকপা, ফিজি পায়-বা, মুপীগী ফিরোল কুপশিনবা, ধুপ থাউমৈ লাঈদা কৎপা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা কপিথহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ১২) কটকামুখহস্তনা শিজিন্নবা

লৈ হেকপা, লিককোল্ লৈপরেংনচিংবা শিব, তেনগী ময়াইদা পায়ত্তুনা চিংবা, পাম্ন খুদপ লানবা, চন্দন তকপা, মনম নুংশিবা

নম্ব, শগোলগী য়াচল্ চনবা, মিংশেল য়েংবা, তেন কাপ্প, অম্নাবা ফোংদোকপা, পোৎ পায়ন্থুনা য়েংবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা কটকামুখহস্তনা ফোংদোকই।

## (নং ১৩) সুচীহস্তনা শিজিন্নবা

লাইনিংবা, মশিং থীবা, মুমিৎ, খুঙ্গং, অদ্রগুম্না, মদো, মসি, অত্থুদা, হকচাং, মুমিৎ তাবা, সহর, আচকপা (করিগুম্ব নিনখোংবা লৈতব), চফু শাবগী নুংকাল্ লৈবা, কাংথোং চকা লৈবা, রাখল তৌবা, পুংজাও য়েবা, ফিরাল, শম্ পুনবা, পোৎ অমবু থিন্দুনা তাকপা, তুচুংবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা সুচীহস্তনা ফোংদোকই।

## (নং ১৪) চন্দ্রকলাহস্তনা শিজিন্নবা

পোৎ অমবু অত্থুক চাওই, অত্থুক শাংই হায়বা তাকপা, চৈ, গদা, থাগী মকোয়, হুই অমা শাংবা, পাদম তম্ব, মহাদেবগী লুহুপ, গঙ্গা তুরেল অসিনচিংবা পুম্বা খংনবদা চন্দ্রকলাহস্তনা ফোংদোকই।

## (নং ১৫) পদ্মকোশহস্তনা শিজিন্নবা

হৈ খাগোক মহৈনচিংবা মতুম তাবা উহৈ, মুপিগী থবাক, বিষ্ণু, নুমিৎ য়ু'বা, লৈ-নাচোম শেম্ব, কাংক্রুম, উরু উরু লৈম্বা চাকথোং চফু, চখোম, লৈ পোমশাৎনবা, হৈনৌ, খিকথবা, লৈ ময়োন, শরিক্কী মওং, চৎনবী, লৈশোমহুম, অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা পদ্মকোশহস্তনা ফোংদোকই।

## (নং ১৬) সর্পশীর্ষহস্তনা শিজিন্নবা

লিন, অনেম্ব খোম্বোক, ঈশিং থিকপা, লাইদা অমসুং মুনি ঋষিশিংদা ঈশিং কৎপা, শামুগী লাইবক অতোংবা, মলশিংনা মপাম্বোমদা ফুবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা সর্পশীর্ষহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ১৭) মৃগশীর্ষহস্তনা শিজিন্নবা

মুপীগী জাৎ, চাইরুং, ইকাই খুম্নবা, অকিবা, রাখোকপা, কুম্মৈগী কিজেৎ লৈতেংনচিংবগী মকম অমা, কৌবা, লৈই অহুম থোক্লা থিনবা চন্দন, শজিগী মমায়, কুম্মৈ তৌকম, খোং নোইবা, লন পুম্ব, তিম্নবা, মিৎতা মঙান থনবা, চাম্নবা কৌবা অসিন-চিংবা পুম্ব খংনবদা মৃগশীর্ষহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ১৮) সিংহমুখহস্তনা শিজিন্নবা

মৈদা পোং কৎপা, শঙ্খং হায়নবা শা মচা জাৎ অমা, শামু, কুশ মনা শেগায়নবা, থম্বাল পরেং, নোংশাগী মমায়, মাইবনা শেম্ব থাওগী হিদাক, চাক থোংবা অমস্তুং তল হৌবনচিংবা, সিংহাসন অসিনচিংবা পুম্বা খংনবদা সিংহমুখহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ১৯) কাঙ্গুলহস্তনা শিজিন্নবা

মতুম তাবা উহৈগী জাৎ পুম্ব, অঙাংগী খোংজিগী শরিক-মচা, নোংইন (উচেক মথল অমা), মুপীমচাগী থবাক, মনম মুংশিবা, নোংগৌবী, অথুপ্পা বা কোংদোকপা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা কাঙ্গুলহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ২০) অলপদ্মহস্তনা শিজিন্নবা

অশাৎপা থম্বাল উহৈ, লৈথোক লৈশিন তৌবা, অতোংবা থবাক, মপুম কাবা থা, কজবা নিংথিজবা রাখল, কোকথক্তা পুম্বা শম্বুল (কোকতুম্বী), ম্রুমদোন, খুজং, লংখৎপা (পোৎ), অশাওবা, পাৎ, গাডী [কাং], কাংভা, ইরাওথোল, থাগৎপা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা অলপদ্মহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ২১) চতুরহস্তনা শিজিন্নবা

কস্তুরী, থরা, সনা, কোরি, য়োৎ, অচোৎপা, অরাবা, মহাও তংবা, বর্ণ খেন্নবা, প্রমাণ, মহাও লৈবা, তপ্পা চৎপা, মতুপ মতুপ থোকপা, মায়, ঘী থাও অসিনচিংবা খংনবদা চতুরহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ২২) ভ্রমবহস্তনা শিজিন্নবা

খোইমু, তেনরা, মশা [উচেক্কী], রাইনু, কোকিল, অসিনচিংবা খংনবদা ভ্রমরহস্তনা কোংদোকই। অতোপ্পা মকমদা যোগ, রা ভাংদবা, ব্রত, খোইমু শামুশিংনা ময়ানা লৈব।ক তৌবা অসিনচিংবা খংনবদসু শিজিন্নৈ।

## (নং ২৩) হংসাস্যহস্তনা শিজিন্নবা

মঙ্গল তৌবদা চংবা পোৎচৈ, কিশি কিবা, পাওতাক পিবা, তুচুংবা, মুক্তা, বর্ত্তি হাইবা, ফেংবা, মল্লিকানচিংবা লৈ, লাই য়েকপা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা হংসাস্যহস্তনা কোংদোকই।

## (নং ২৪) হংসপক্ষহস্তনা শিজিন্নবা

ইকাই খুম্নবা, পনথিংবা, আচমন তৌবা, মখুম, থাও তৈবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা হংসপক্ষহস্তনা ক্ষোংদোকই।

## (নং ২৫) সন্দংশহস্তনা শিজিন্নবা

লাইদা পোৎচৈ কৎপা, পোৎলম মঙা, পোমশাৎনবা, মভুম মচা, পূজাগী পিঠ য়েকপা, মুক্তা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা সন্দাংশহস্তনা ক্ষোংদোকই।

## (নং ২৬) মুকুলহস্তনা শিজিন্নবা

থরো, চাক হুকপা, (শুমহৎপা, অঙাওবা (প্রেমদগী), চোকথবা, মৈচাক, চুপ য়ুংবা), লফু থরো, খোইদৌ অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা মুকুলহস্তনা ক্ষোংদোকই।

## (নং ২৭) তাম্রচুড়হস্তনা শিজিন্নবা

উচেক রায়া, যম্নাও মচা, শগোল অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা তাম্রচুড়হস্তনা ক্ষোংদোকই।

## (নং ২৮) ত্রিশুলহস্তনা শিজিন্নবা।

হৈখাগোক মনা, মশিং অহুম, মহাদেবগী খুৎলাই অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা ত্রিশুল হস্তনা ক্ষোংদোকই।

## (নং ২৯) ব্যাঘ্রহস্তনা শিজিন্নবা

কৈ, হঙোই, য়োং অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা ব্যাঘ্রহস্তনা ক্ষোংদোকই।

## (নং ৩০) অর্দ্ধসূচীহস্তনা শিজিন্নবা

ময়োন, মতোল, তিল অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদ অর্দ্ধসূচী হস্তনা কোংদোকই।

## (নং ৩১) কটকহস্তনা শিজিন্নবা

উবা, য়েংবা, থাখল অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা কটক হস্তনা কোংদোকই।

## (নং ৩২) পল্লিহস্তনা শিজিন্নবা

খুল মচা অমা, য়ুম্ন মচা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা পল্লি হস্তনা কোংদোকই।

মতাং অসিদা খুৎ নামগী শিজিন্নগদবা লোয়রে।



[ সংযুতহস্তাঃ ]

অঞ্জলিশ্চ কপোতশ্চ কর্কটঃ স্বস্তিকস্তথা ॥
ডোলাহস্তঃ পুষ্পপুট উৎসঙ্গঃ শিবলিঙ্গকঃ।
কটকাবর্দ্ধনশ্চৈব কর্ত্তরীস্বস্তিকস্তথা ॥
শকটঃ শঙ্খচক্রে চ সম্পুটঃ পাশকীলকৌ।
মৎস্যঃ কূর্ম্মো বরাহশ্চ গরুড়ো নাগবন্ধকঃ॥
খট্বা ভেরুণ্ড ইত্যেতে সখ্যাতাঃ সংযুতাঃ করাঃ।
ত্রয়োবিংশতিরি ত্যুক্তাঃ পুর্ব্বগৈর্ভরতাদিভি ॥

---

# খুং অনিগী শিজিন্নগদবা ॥

[ নং ১ ] অঙ্গুলি হস্তনা শিজিন্নবা।

লাই, গুরু, ব্রাহ্মণ খুরুম্বদা লাইবক্তা থমগনি। থবাক্তা থমলগনা সাধারণ ওইবা মী পুম্নমক্তা খুরুম্বদা শিজিন্নগনি ॥

(নং ২ ) কপোতহস্তনা শিজিন্নবা।

খুরুম্বা, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংবু কৌশিনবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা কপোত হস্তনা ফোংদোকই।

(নং ৩ ) কর্কট হস্তনা শিজিন্নবা।

তিংলি য়াংলিবা, মোইবুং খোংবা, খুৎ-থেকপা, অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা কর্কট হস্তনা ফোংদোকই।

(নং ৪ ) স্বস্তিক হস্তনা শিজিন্নবা।

স্বস্তিক হায়বা খুৎ অসি তোঙান তোঙান খাইদোকনয়গা বন,-উমং, আকাশ, নোং, সমদ্রু অসিনচিংবা পুম্ব ফোংদোকই।

(নং ৫ ) ডোলা হস্তনা শিজিন্নবা।

জগোইগী চুম্ন লেপ্পদা, নিংবা কায়বা, রাম্বা, ময়াই কাবা, চৈনা-খোল খাংবা, মুংনাংবা অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা ডোলা হস্তনা ফোংদোকই।

(নং ৬ ) পুষ্পপুট হস্তনা শিজিন্নবা।

লৈ কৎপা, আরতি তৌবা, উহৈ রাহৈ লৌবা অমসুং পিবা, অসিনচিংবা পুম্ব খংনবদা পুষ্পপুট হস্তনা ফোংদোকই।

( নং ৭ ) উৎসঙ্গ হস্তগী মওং :—

খুং অনিমক মৃগশীর্ষ ওইরগা য়েৎনা ওইগী পাম্বোমদা ওইনা য়েৎকী পাম্বোমদা থম্বৰ উৎসঙ্গহস্ত কৌই।

শিজিন্নবা।

কোন্নবা, ইকাইবা, হকচাংগী মওং মতৌ তাকপা অসিনচিংবা পুম্ব খ'নবদা উৎসঙ্গ হস্তনা ফোংদোকই।

( নং ৮ ) শিবলিঙ্গ হস্তনা শিজিন্নবা।

শিবলিঙ্গ উৎপদা শিজিন্নৈ।

( নং ৯ ) কটকাবর্দ্ধন হস্তনা শিজিন্নবা।

অভিষেক, পূজা অমসুং লুহোংবনচিংবদা কটকাবৰ্দ্ধন হস্তনা ফোংদোকই।

( নং ১০ ) কর্ত্তরীস্বস্তিক হস্তনা শিজিন্নবা।

চীংদোল, মশা, উনচিংবা খংনবদা কর্ত্তরীস্বস্তিক হস্তনা ফোংদোকই।

( নং ১১ ) শকট হস্তনা শিজিন্নবা।

হিংচাবা খংনবদা শকট হস্তনা ফোংদোকই।

( নং ১২ ) শঙ্খ হস্তনা শিজিন্নবা।

মোইবুং খোংবা অমসুং মোইবুং উৎপদা শঙ্খ হস্তনা শিজিন্নৈ।

( নং ১৩ ) চক্রহস্তনা শিজিন্নবা।

চক্র খংনবদা চক্রহস্তনা কোংদোকই।

( নং ১৪ ) সম্পুট হস্তনা শিজিন্নবা।

পোৎ অমবু মথুম খুম্ব, মথুম খুম্ব পাত্র অসিনচিংবা খংনবদা সম্পুটহস্তনা কোংদোকই।

( নং ১৫ ) পাশহস্তনা শিজিন্নবা।

খৎনবা, কোৎশিন্নবা অসিনচিংবা অসি পাশহস্তনা কোং-দোকই।

( নং ১৬ ) কীলকহস্তনা শিজিন্নবা।

মুংশিনবা, চান্নবা অসিনচিংবা অসি কীলকহস্তনা কোং-দোকই।

( নং ১৭ ) মৎস্যহস্তনা শিজিন্নবা।

ঙা কোংদোকপদা মৎস্যহস্তনা শিজিন্নৈ।

( নং ১৮ ) কূর্ম্মহস্তনা শিজিন্নবা।

থেঙ্গু শাবদা অমসুং কূর্ম্মদেবতাবু খংনবদা কূর্ম্মহস্তনা কোংদোকই।

( নং ১৯ ) বরাহহস্তনা শিজিন্নবা।

বরাহদেবতাবু খংনবদা শিজিন্নৈ।

(নং ২০) গরুড়হস্তনা শিজিন্নবা।

গরুড়গী মওং মতৌ অমম্বুং অতোপ্পা উচেকপুস্থ খংনবদা গরুড়হস্তনা কোংদোকই।

(নং ২১) নাগবন্ধহস্তনা শিজিন্নবা।

খুৎ পুনবা (ফাবা) খংনবদা নাগবন্ধহস্তনা কোংদোকই।

(নং ২২) খট্বাহস্তনা শিজিন্নবা।

কাংখোল, য়ুম,-বন অসিনচিংবা পুম্বা খংনবদা খট্বাহস্তনা কোংদোকই।

(নং ২৩) ভেরুণ্ডহস্তনা শিজিন্নবা।

ভেরুণ্ড হায়বা উচেক জাৎ অমবু খংনবদা ভেরুণ্ডহস্তনা শিজিন্নৈ। অদুগা করিগুম্বদা উচেক হায়বস্থু খংনৈ।

মতাং অসিদা খুৎ অনিগী শিজিন্নগদবা লোয়রে।

—o—

# লাইশিংগী মওং তাকপা মুদ্রা

**(নং ১) ব্রহ্মাহস্তঃ**

খুৎ ওইনা চতুরহস্ত অদুগা খুৎ-য়েৎনা হংসাস্য ওইগনি।

**(নং ২) ঈশ্বরহস্তঃ**

শম্ভু (মহাদেব)—খুৎ-ওয়না মৃগশীর্ষহস্ত অদুগা য়েৎথংবা খুৎনা ত্রিপতাকহস্ত ওইনি।

**(নং ৩) বিষ্ণুহস্তঃ**

খুৎ-অনিমক্না ত্রিপতাক ওইগনি।

**(নং ৪) সরস্বতী হস্তঃ**

খুৎ-য়েৎনা সূচীমুদ্রা শারগা লেংবান মপাদা থমগনি, ওয়গী খুৎনা কপিত্থহস্ত ওইগনি।

অতোপ্পা অমনা য়েৎকী খুৎনা খোইদৌ মপাদা কপিত্থ-মুদ্রা শারগা খুৎ ওয়না লেংবান মপাদা কপিত্থ মুদ্রা ওইগনি।

**(নং ৫) পার্ব্বতী হস্তঃ**

খুৎ অনিমক অর্দ্ধচন্দ্র ওইরগা লেংবান মপাদা থমগনি অদুদগী উপ্‌থরক্ক্‌না বর পিবগুম্না খ্বাং মপা কাওবা হায়থরক্কনি অদুগা অতোপ্পা অমনা ( খুৎ ওইনা মুষ্টিহস্ত ওইরগা মতুগী মথক্তা খুৎ য়েৎনা অমুক মুষ্টিহস্ত শারম্লগা খুৎ-য়েৎকী খুৎচাশিং অতু তিংথোক্লগা থবাক মপাদা থমগনি ; মসিনা তন্ত্রশারগী মতনি )

**(নং ৬) লক্ষ্মী হস্তঃ**

লেংবান মপাদা খুৎ অনিমক্না কপিত্থহস্ত ওইগনি।

(নং ৭) বিনায়কহস্তঃ (গনেশহস্ত)

খবাক মপাদা খুৎ-অনিমক কপিত্থ মুদ্রা শাগনি।

(নং ৮) ষন্মুখ হস্তঃ (কার্তিকহস্ত)

ওয়গী খুৎনা ত্রিশুল অদুগা য়েৎকী খুৎনা শিখর ওইদুনা খুৎ অনিমক লেংবান মপাদা থংগনি।

(নং ৯) মন্মথ হস্তঃ (কামদেব হস্ত)

খুৎ ওয়না শিখর অদুগা খুৎ-য়েৎনা কটকামুখ ওইগনি। (নাট্য শাস্ত্রগী মতনা অম্নুম্না হায়-)।

(নং ১০) ইন্দ্রহস্তঃ

ত্রিপতকাগী খুৎ অনিনা স্বস্তিক ওইগনি।

(নং ১১) অগ্নি হস্তঃ

খুৎ-য়েৎনা ত্রিপতাক ওইগনি, খুৎ ওয়না কাঙ্গুলহস্ত ওইগনি।

(নং ১২) যমহস্তঃ

ওয়গী খুৎনা পাশহস্তদা ওইবা অদুগী মওংদা লৈগনি য়েৎথংবা খুৎনা সুচীহস্ত ওইগনি।

(নং ১৩) নিঋ´তি হস্তঃ (হিংচাবগী নিংথৌ)

খট্বাহস্ত অমসুং শকটহস্ত অনিমক অসি হিংচাবগী নিংথৌ তাকপদা শিজিন্নবা য়াই।

(নং ১৪) বরুণ হস্তঃ

য়েৎকী খুৎনা পতাক ওইগনি অদুগা ওয়থংবা খুৎনা শিখর ওইগনি।

**(নং ১৫) বায়ু হস্তঃ**

য়েৎ থংবা খুৎনা অরাল ওইগনি অদুগা ওয়থংবা খুৎনা অর্দ্ধপতাক ওইগনি।

**(নং ১৬) কুবের হস্তঃ**

ওয়থংবা খুৎনা পদ্মকোশ ওইগনি, য়েৎথংবা খুৎনা গদা হস্ত ওইগনি। গদাহস্ত অসি মুষ্টিহস্ত, পদ্মকোশ অসিগী মরক্তা অমম্বা শাগনি।

—০—

# শ্রীবিষ্ণুগী অবতার তম্না (১০)

## (নং ১) মৎস্যাবতার হস্তঃ

মৎস্যাহস্তনা লেংবান মপান্দা পুখৎতুনা শম্নবদি মচুবু মৎস্যাবতারগী খুৎনি হায়না খংনগনি।

## (নং ২) কূর্ম্মাবতার হস্তঃ

কূর্ম্মহস্ত উৎলম্নগা মচুনা লেংবান মপাদা থম্নবদি মচুবু কূর্ম্মাবতারগী খুৎনি হায়না খংনগনি।

## (নং ৩) বরাহাবর হস্তঃ

বরাহ হস্তনা খ্বাংগী মপাদা থম্নবদি মচুবু বরাহাবতারগী খুৎনি হায়না খংনগনি।

## (নং ৪) নৃসিংহাবতার হস্তঃ

ওয়গী খুৎনা সিংহমুখ য়েৎকী খুৎনা ত্রিপতাক ওইরবদি মচুবু নৃসিংহাবতার হস্ত কৌই।

অতুগা (খুবীনা খুনাওবী পায়শিন্নগা লৈহৌরিবা খুৎচা পুম্নমক মতোন লুকথরবদি মসিবু নরসিংহমুদ্রা হায়না কৌই (তন্ত্রসার) (মসিগী খুৎথেক অসিনা হিরণ্যকশিপুগী মথবাক শেগাইবগী মওংনি)

## (নং ৫) বামনাবতার হস্তঃ

ওয়গী খুৎনা য়েম্পাক তুম্নগী মওংদা লেংবান মপাদা মুষ্টী হস্ত ওইগনি য়েংকী খুৎনা চৈত্ত পায়বগী মওংদা মুষ্টী খ্বাং মপাদাহস্ত ওইগনি মসিবু বামনাবতার খংনগনি।

(নং ৬) পরশুরামাবতার হস্তঃ

ওইগী খুৎনা খ্বাংদা পায়রগা য়েৎকী খুৎনা অর্দ্ধপতাক ওইরবদি মসিবু পরশুরামগী হস্তনি হায়না খংনপনি।

(নং ৭) রামচন্দ্রাবতার হস্তঃ

য়েৎকী খুৎনা কপিত্থহস্ত অমস্তুং ওয়গী খুৎনা শিখরহস্ত ওইরবদি মদুবু রামচন্দ্র হস্ত খংনৈ। য়েৎকী খুৎনা তেনজৈ পায়রগী ওইগী খুৎনা লিরুং পায়রগী মওংনি।

(নং ৮) বলরামাবতার হস্তঃ

য়েৎকী খুৎনা পতাক হস্ত ওইগনি, ওয়গী খুৎনা মুষ্টিহস্ত ওইগনি মসিবু বলরাম হস্ত হায়না কৌই।

(নং ৯) কৃষ্ণাবতার হস্তঃ

খুৎ অনিমক মৃগশীর্ষ হস্তনা চিম্বান মপাদা বাঁশী খোংবগী মওংদা থমগনি মসিবু কৃষ্ণাবতার হস্ত কৌই।

(নং ১০) কল্ক্যবতার হস্তঃ

খুৎ য়েৎনা পতাক হস্ত ওইগী খুৎনা ত্রিপতাক হস্ত ওইদুনা ওইগী খুৎনা শগোল খুর্জ্জ পায়রগী অমস্তুং য়েৎকী খুৎনা থাংশাংগী মওংদা থম্বু কল্কি অবতার হায়না খংনপনি।

———

# জাতি খংনবা খুং।

### (নং ১) রাক্ষস হস্তঃ

শকাট হস্তনা চিম্বান মপান্দা থম্লবদি মহুবু হিংচাবা (রাক্ষস) কাংবুনি হায়না খংনগনি।

### (নং ২) ব্রাহ্মণ হস্তঃ

খুং অনিমক্না শিখরহস্ত ওইরগা থবাক মপাদা পায়গনি মসিবু ব্রাহ্মণ হস্ত হায়না খংনগনি।

### (নং ৩) ক্ষত্রিয় হস্তঃ

ওয়গী খুংনা শিখর হস্ত ওইরগা থবাক মপাদা থমগনি, য়েৎকী খুংনা পতাকহস্ত ওইরবদি মহুবু ক্ষত্রিয়হস্ত হায়না খংনগনি, মসিন' থাং চুংগোই পায়বগী ভাব কোংদোকই।

### (নং ৪) বৈশ্য হস্তঃ (লৌউবা কাংবু)

ওয়গী খুংনা হংসাস্য ওইগনি অমস্তুং য়েৎকী খুংনা কটাকামুখ ওইরবদি মসিবু বৈশ্যহস্ত হায়না খংনগনি।

### (নং ৫) শূদ্র হস্তঃ (লম্লোনবা)

ওয়গী খুংনা শিখরহস্ত ওইগনি অদুগা য়েৎকী খুংনা মৃগশীর্ষহস্ত ওইগনি মসিবু শূদ্রহস্ত হায়না কৌই।

# বান্ধবহস্তঃ

## (নং ১)দম্পতী হস্তঃ

ওয়গী খুৎনা শিখর হস্ত য়েৎনা মৃগশীর্ষ হস্ত ওইরবদি মহুবু দম্পতী হস্ত ( বর কন্যা খংনবা খুৎ ) হায়না খংনগনি।

## (নং ২) মাতৃ হস্তঃ

ওয়গী খুৎনা অর্দ্ধচন্দ্র য়েৎনা সন্দংশ ওইগনি, মাসিবু মাতৃহস্ত কৌই। ইমা অমম্নুং লৈশাবী খংনবদা শিজিন্নৈ।

## (নং ৩) পিতৃ হস্তঃ

মাতৃহস্তগী য়েৎখংবা খুৎ অহনঃ শিখর ওইরবদি মাহুবু পিতৃহস্তা হায়না খংনগনি। পিতৃহস্তনা মঙ্গাক অমম্নুং নিপাশিং খংনগনি।

## (নং ৪) শ্বশ্রূ হস্তঃ

খৌরি মপাদা য়েৎকী খুৎনা হংসাস্য শারগা অমুক য়েৎকী খুৎ অসিনা সন্দংশ শাগনি অহুগী তুংদা ওয়গী খুৎনা স্ত্রীহস্ত (মৃগশীর্ষহস্ত) ওইগনি। মসিবু শ্বশ্রূহস্ত কৌই। মসিনা মনেম-বোক খংনৈ।

## (নং ৫) শ্বশুর হস্তঃ

শ্বশ্রূহস্তগী উৎলব মতুংদা য়েৎনা শিখর ওইরবদি মহুবু শ্বশুরহস্ত হায়না খংনগনি। (মকুবোক)

(নং ৬) ভর্তৃভ্রাতৃহস্তঃ

ওয়গী খুৎনা শিখর হস্ত ওইরগা য়েৎনা কর্ত্তরীমুখ ওইগনি মসিবু ভর্তৃভ্রাতৃ হস্ত (মচিন মনাও) হায়না কৌই।

(নং ৭) ননান্দৃ হস্তঃ

ভর্তৃভ্রাতৃহস্ত উৎলবা মতুংদা বেৎকী খুৎনা স্ত্রীহস্ত (মৃগশীর্ষ) ওইরবদি মসিবু ননান্দৃ হস্ত (মনম্মা) হায়না খংনগনি।

(নং ৮) জেষ্টকনিষ্ট ভ্রাতৃ হস্তঃ

খুৎ য়েৎ ওয় অনীনা মাংওইনবা নাকলদা ময়ুর হস্ত পায়গনি মাসিবু জেষ্টকনিষ্ট ভ্রাতৃ হস্ত হায়না কৌই।

(নং ৯) পুত্র হস্তঃ

য়েৎকী খুৎনা পুক্কী মপাদা সন্দংশ ওইরবা তুংদা ওয়গী খুৎনা লৈরকতুনা শিখর হস্ত ওইরবদি মতুবু পুত্রহস্ত হায়না খংনগনি।

(নং ১০) স্নূষা হস্তঃ

পুত্রহস্ত উৎলবা তুংদা য়েৎকী খুৎনা স্ত্রীহস্ত (মৃগশীর্ষ) উৎলবদি মতুবু স্নূষা হস্ত (ইমৌ দুপী) হায়না খংনগনি।

(নং ১১) সপত্নী হস্তঃ

পাশহস্ত উৎলবা তুংদা খুৎ অনিমক স্ত্রীহস্ত (মৃগশীর্ষ) ওইগনি, মসিবু সপত্নীহস্ত (মতু) কৌই।

# নবগ্রহ হস্তঃ (গ্রহ মাপনগী খুৎথেক)

(নং ১) সূর্য্যহস্তঃ (সুমিৎ মঙং শাবা খুৎথেক)

খুৎ অনিমক লেংবান মপাদা অলপদ্মহস্ত অমসুং কপিত্থহস্ত ওইগনি মসিবু সূর্য্যহস্ত কৌই। করম্ব খুৎনা করি ওইগদগে হায়বা শাস্ত্রনা হায়রমদ্রে। তৌইগুম্বসুং অনুমাননা লৌবদা য়েৎকী খুৎনা কপিত্থহস্ত ওইরগা ওইগী খুৎনা অলপদ্ম ওইগনি।

(নং ২) চন্দ্রহস্তঃ

ওয়গী খুৎনা অলপদ্মহস্ত অমসুং য়েৎকী খুৎনা পতাকহস্ত ওইগ'ন মসিবু চন্দ্রহস্ত কৌই।

(নং ৩) কুজহস্তঃ

ওয়গী খুৎনা সূচীহস্ত ওইগনি, য়েৎকী খুৎনা মুষ্টিহস্ত ওইগনি মসিবু কুজহস্ত (মঙ্গল গ্রহ) কৌই।

(নং ৪) বুধহস্তঃ

ওয়গী খুৎনা মুষ্টিহস্ত ওইগনি, য়েৎকী খুৎনা পতাকহস্ত ওইগনি, মসিবু বুধহস্ত কৌই।

(নং ৫) গুরুহস্তঃ

খুৎ অনিমক শিখরহস্ত ওইগনি মসিবু গুরুহস্ত কৌই। ঋষি, ব্রাহ্মণবুসু থংনৈ।

(নং ৬) শুক্রহস্তঃ

ওয়গী খুৎনা মথকলোমদা মুষ্টিহস্ত ওইগনি অমসুং য়েৎকী খুৎনা মথায়োমদা মুষ্টিহস্ত ওইগনি মসিবু শুক্রহস্ত হায়না কৌই।

(নং ৭) শনিহস্তঃ

য়েৎকী খুৎনা ত্রিশূলহস্ত ওইগনি অমসুং ওয়গী খুৎনা শিখরহস্ত ওইগনি। মসিবু শনিহস্ত কৌই।

(নং ৮) রাহুহস্তঃ

ওয়গী খুৎনা সর্পশীর্ষহস্ত অমসুং য়েৎকী খুৎনা সূচীহস্ত পায়গনি মসিবু রাহুহস্ত কৌই।

(নং ৯) কেতুহস্তঃ

ওযগী খুৎনা সূচীহস্ত ওইগনি য়েৎকী খুৎনা পতাকহস্ত ওইগনি, মসিবু কেতুগ্রহহস্ত কৌই।

## মতাং অসিদা হস্ত ভেদ লোইরে

——